


অহানবা থোক্লবা : মে, ১৯৯৫

অফোঙবা : রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগীদমক
লৌরেম্বম ইন্দিরা দেবী, বাংখৈ কোন্নম
লৈকাইদা লৈবনা ফোঙবা।

মখুম য়েকপা : খুন্দ্রাকপম ইবোমচা সিংহ

ব্লোক শাবা : রাজকুমার নোকুল সিংহ

নম্ফম : পি, এস, প্রিন্টিং এণ্ড ষ্টেসনরী
শগোলবন্দ মোইরাং লৈরক, ইম্ফাল।

মমল : লুপা ১৪০/-( লাইব্রেরী এডিসন )

ফংফম থোকপা : অইবী অমদি অফোংবা।

ইমাদা

অমদি

মচা কায়নথ্রবী

মমাশিংদা।

সুবদনী (১৯৫৯-) শৈরেং অমসুং ৱারীমচা অনীমক্তা খুৎ থাবী অইবীনি। চহী কয়াগী মমাঙদা ঐনা ইম্ফাল কলেজদা ওজা ওইরিঙৈদা ঐহাক্না তম্বীখিবা ছাত্রি অমা ওইনা• সাহিত্যদা থৱায় য়াওজবী ইরবু পামজবী ওইনা উখি। মাঙথ্রবা ঈশৈগী সুর (১৯৭৫, শৈরেং) নহাকপু ঐগী কনানো (১৯৮২, ৱারীমচা) অমসুং মুঙগী চীনবাল (১৯৮৭, ৱারীমচা) মহাক্না ফোঙহনা পুথোকখ্রবা লাইরিকশিংনি।

শৈরেং ইবীশিংগী মশীং মণিপুরী সাহিত্যদা য়ামগ্রি। অদুবু হীরম আশমগা খরদি চোংথোরক্লে অমসুং মখোয়না খোঞ্জেল অমা শাগৎ-লকপসি য়াম্না পূক্রিং থৌগৎনিংঙাইনি। পুন্সিবু মশক তাক্লিবা সাহিত্য হায়বা কলা অসিদা নুপীশিংগী খোঞ্জেল মখোয়না পুন্সিদা য়েংবা মিৎয়েং, মখোয়গী পূক্রিং ঈহুল অমসুং সমাজগী থৌদোক কয়াদা মখোয়না করম্বা রিএক্সন পীবগে হায়বসি খঙবা য়াম্না দরকার ওই। মসি য়াওদনদি সাহিত্যগী মশক মপুং ইকা ফাদে। নুংঙাইরিবদি হৌজিক্কী মণিপুরী সাহিত্যদা নুপীশিংগী শাফু অমা ফাওরক্লিবা অসিনি। সুবদনীসু অইবী খর অসিগী মরক্তা য়াওহনা মশাগী পূক্রিং, ৱাখল অমসুং মিৎয়েং উংননবা হোৎনরক্রি।

মহাক্কী "পিগী ৱারী" মিংথোনবা অনৌবা খুদোল অসি ইং ১৯৭৮ দগী ১৯৯৫ গী হৌগৎলকপফাওবদা ইখিবা শৈরেং ৬১ রোম য়াওবা শৈরেং লাইরিকনি। হন্দক্কী লাইরিক অসিদদি ওল্লক্লিবা সমাজগী ফিভমশিংনা অইবীদা প্রভাব পীহনা মহাক্কী থম্মোয়দা নুংনাংবা পীবা শৈরেং কনা য়াম্না য়াওরি। পুন্সিনা হংলিবা ৱাহং কয়া ফোঙদোক্লি। ৱাহংগী খোঙথাংনি। ঐহাক কনানো হায়বা ৱাহংনা অইবীবু তোয়না নুংনাংবা পী। ঈখৌলাংবা অমসুং পুন্সিনা মালেমদা লোইখিবা— অনী অসিগী শাফুনা মঙোন্দা তত্তনা ফুরি। পুন্সিদা অইবীনা করিগুম্বা নল্লগা কনাগুম্বা অমবু ঙাইরি। ঙাইবদগী ময়ামদগী তোখাইনা তারক্লনা অমসুং খাঙহমদহনা প্রকৃতিদা চংজে। ঙাইবনা মহাকপু মীওইবা

হায়বতুমক ওইহল্লি। কয়া কইনা ভাইগদৌরিবনো হায়বা রাহংনা পুন্সিবু মশক খঙহল্লি। (মহৈশা লাঃ, ৪)। রাহং থোক্লকই : পুন্সিবু থোনা ফনা কোনশিনগদ্রা নল্রগা লংথোক্কদ্রা ? পল্লেংফম খঙদ্রবা, পুন্সিদা ফমফম অমা ফংদ্রবা তাইবংমীনি হায়বসি অইবীনা খঙি। অতুনা করিগুম্সা পুন্সিদগী নাম্থোক্লুনা ধ্রুবতারাগী লম অমদা চৎনিংবগী ইখৌলাংবা ফোঙদোকই :

থম্মোয় থম্মোয় তিম্লনা
মীরাগী নুংশিৎনা তেমথেংনাইনা
য়োবা ঙমদ্রবা লমদমতুদা
চুমথাংগী মখোঙদা ফম্লিন্নরুসি
ধ্রুবতারাগী মনাক্তা কোইমিন্নরুসি
(ওইরুসি মখোয়গী অচেৎপা মরুপ, লাঃ ১৭)

অহোংবগী শাফুনা পুরকপা কাংশখোং চাইরবা, তং-তাদ্রবা, মশাগী ওইজবা থিবনা মপুং ওইরবা, হিংসানা থল্লবা মীওইবগী পুন্সি হকথেংননা উবদা অইবীদা খাংঙমদবা অরাবা পী। মহাক নীংতম্না লৈজবা পাম্বীনি। অতুবু হৌজিক্কী পুন্সিগী ফীভমদি অমনা অমবু শেত্না চাথোক্লবনি। লৈতাদ্রবা পুন্সিলক্তা অইংববু থিরিবিনি। "তাঞ্জরক্লিবিনি দাব অমা/ নীংতম্না কোইপাই পাইনা হিংনবগী।" (হিংবগী দাবী, লাঃ ৩৫)। মহাক্না অমম্ববু পামজরকই, মরমদি মঙোন্দা অঙানবনা মানবতাগী নুংশিবগী শাফু পীবা ঙমলক্তে ! (অমম্বা, লাঃ ৩৮)। মহাক্কী অতেনবা শৈরেংশিং খরদি শাফু য়াওবা কলাগী শক্তম য়াওই। মীওইবগী মুৎথিগদৌরবা পুন্সি শক্তমবু কন্নিংবগী পুক্লিং-মতা শৈরেং খরদা য়াওরি। অইবীনা হৌজিক্কী মীওইবগী পুন্সি, ফজবা উপামদা, অঙাঙবা ঈথেং মরক্তা শুপ্পগী বিন্দু অমখক্তং ওইনা য়েকই (বিন্দু অমখক্তং, লাঃ ৪১)। নুপীগী হক্কী র‍াখল অইবীদা ফাওই। নুপীদি যুগ যুগ খুদিংমক্তা চৈথেং ফংদ্রনবা মরাকই। অইবীনা থাজে, নুপীগী হক্তি নুপীনা তাঞ্জগদবনি। নুপী ওইবগী পুকচেল

মংঙান্দা চেল্লি। নমহাত্না লান্মীনা মপুরোইবগী মাঙদা ইজ্জৎ মাঙহনবদগী পোক্লকপা মচাবু মমানা হাত্তোকপদা আইন্না মমাবু দণ্ডী পী। অইবীনা মসিদা খাঙডমদবা অরাবা উৎলি। (দণ্ডী, লা: ৫২)। য়াম্না অরুবা, অচুম-অরানগী থোদোক্লি। ফজবা ওবজেক্তিভ কো-রিলেতিভ নত্রগা পান্থে অমদা রাখল ফোঙদোক্লমলবদি শৈরেংগী তেন্না ফজবা উরম্মা য়াই। শৈরেং খরদা অইবীনা মুপীবু নমথবগী মায়য়োক্তা লৈ হায়বা উৎলি। নীংশিংবনা অইবীগী শৈরেংগী ঈফুৎনি। মমা কয়ানা মচাশিংগীদমক কয়াদা রাবা, অইবীনা মমা অমা অমুক ওইরকপদা খঙলক্লে। অতুবু হৌজিক্কী কাং-খোং চাইরবা, তং তাদ্রবা পুন্সিদা মচাশিংগী পুন্সি কেমথিবদা মহাক্কী থম্মোয় পোগ্খাদে, অমত্তা ওইখি মচা কায়নরবা মমাশিংগা। মীওইবগী হৌনশা, মমাগী হৌনশা, লৈবাক্কী ফীভম, অচুম-অরানগী রাফমগা অমত্তা ওইনা তিনশিন্নখিত্না অইবীগী এক্সপেরিয়েন্স 'পিগী রারী' ওইরকই। (লাইরিক্কী মিংখোল ওইরিবা শৈরেং, লা: ৬১)। অইবীগী অরাবগী স্বর, শিন্তরিবা পি, — চুম্নগী পি নত্তে, অঙাঙবা ঈখেঙনি, পুন্সিগী ঈখেঙনি, পুন্সিবু মশক তাকপা (অয়েকপা লাই, লা: ৬৫)।

মাগী থম্মোয়গী তারদা থজিক্তং শোকপদা মখোন অমা হেক্তা ফাওগনবা অইবীগী থম্মোয়নি। তাইবংগী অরা-অনা, শাশিন্নবা তৌশিন্নবা কয়া, হোত্রোং হোবা মীগী লমচৎ, পুন্সিবু ফাগি তাহনবা থোদোক কয়া, মীওইবগী লমচৎ মাঙথরকপা কয়া হকথেংননা উরুরগা অরাবগী তেমথেং ফংদুনস্থ, নীংবা য়াম্না কাইত্নস্থ অইবীগী মতীং ছুম্বা লৈতে। মহাক অচুম্বগী চাংয়েং অমা পাম্মী। (চাংয়েং লা: ৭৭)। রাবতনা মশিঙ্গাং ওইরবগী তুংদা পাঙ্গল ফুদোরক্লনা অরানবা য়াদে ছায়বগী রারেপ অমা ঈচং থোনা লৌবা ঙমলকই। (রারেপ, লা: ৭৯-৮০)। অরানবা লীচৎ শেমদোক্লবা পাড়া অমা তম্বীনবা মুপীগী হক অমা ফোঙদোরকই। (পাড়া অমা, লা: ৮৩)। তাইবংগী অরা-অনা কয়া হকথেংনরুরবা তুংদা অশৈবীগী মিৎয়েং পাকথোক্লকই ; পামজরকই

মী পূন্নমক আত্মা ওইনা উবা। অদু ওইরবদি ঈগী খেন্নবা লৈররোই, অশাবা ঈগী খোৌরাংবসু লৈররোই। থাজবা থম্মকই মীওইবা পূন্নমক আত্মা ঙাক্তনি হায়বা ৱাখলদা। পিগী ৱারী য়ান্না থেংনরবা মতুংদা, পিগী খোঙচৎ য়ান্না শাংনা চংলবা তুংদা মমৈথংদা অসিগুম্বা আত্মা অমত্তা ওইবগী ৱাখল য়োৌরক্লিবা অসি মীওইবদা অইবীগী থাজবা থম্ব'নি হায়নিঙঙি। ৱাখল অসি তাইবং পূন্নমক্কী অপাম্বনি। "আত্মা" শৈরেংনা অৱাবগী তেমথেংদা কোইপাই পাইক্তরবা অইবীগী আত্মানা পূন্নমক্কী ওইবা আত্মাদা থাজবা থমত্নুনা মহাক্কী পিগী ৱারী লোইশিল্লি। নহা ওইরিবী অইবীনা থাজদবগী, চিংনবগী, নুংনাংবগী শাংলবা লম্বেলদা চৎলুরবা তুংদা অসিগুম্বা থাজবগী, আশাগী ৱাখল, পামজবা অমসুং মিৎয়েং ফোঙদোকপা ঙমলকপসি পূক্লিং থোৌগৎ-নিংঙাইনি।

কলা অমা ওইনা শৈরেংদা মরুওইবা পোৎশক অনী চঙঙি। অইবশিংগী পূক্লিংদা ফাওরকপা অঙকপা ফঙলবা ঈহুল অমসুং মতুৱ নীংথিনা ফোঙদোক্তবা তেক্নিকেল দিসছিপ্লিন। পোৎচং অনী অসিগী মরমদা আলোচক অমসুং কবি কয়ানা মখল মখা অয়াম্বা মওংদা অমসুং লোন্দাদা মোত পী। খরনা হায় কবিতা হায়বসি ইনস্পিরেসন ঙাক্তনি। খরনা মোত পী ইনস্পিরেসন হায়বা অমা করিসু লৈতে, শৈরেংদি ক্রাফটসমেনসিপ ঙাক্তনি। অদুবু শৈরেং শেমগৎপদা থোৌরম অনী চঙঙি হায়বসিদি সাহিত্যগী এক্সপরিয়েন্স অমা ওইনা মী অয়াম্বনা য়ানিংগনি। অত্তনা চেম্থরক্লিবা পূক্লিংগী ঈহুল কয়া অমা ফজবা অমসুং শাফু য়াওবা লোলগী উচলদা ফোঙদোকপা ঙমলবদি শৈরেং অদু ফজে, শাফু য়াওই। ডবলিউ, বি, য়িএটসনা হায়খিবা—কবিতা হায়বসি "ঈ, কল্পনা অমসুং ৱাখলগী অপূনবা ঈচেলনি"("ব্লদ, ইমাজিনেসন এণ্ড ইণ্টেলেক্ট রন্নিং তুগেদর") হায়বদু নীংশিংই। থম্মোয়গী ঈহুল পূন্নমক মৈ ঈক-থোক্তুনা ইণ্টেলেকচুয়েল দিসছিপ্লিন অমদগী থোক্লকপা উচল অমগী মওংদা ওম্থোক্লবদি অফবা কলা অমা হায়বদু ওইগনি। সুৱজনীগী

পূক্লিং ঈহুল, পুন্সীদা থোক্লিবা থৌদোক কয়াগীদমক ফাওরিবা ঈথিল থৱায় শোক্লা নুংঙাইত্রিবা কয়া অফবা সমাজ অমবু পামজবগী ঈহুল, পিগী ৱারী— পুন্নমক অসি ঈরোং নাইনা চেল্লকইবা ঈচেলনি। শাফু য়াওবা মচীন তুম্বা ঈহুল কয়া য়াওরি। হৱথেংননা পুন্সিবু খঙলুবদগী হৌজিক্কী মীওইবগী পুন্সি ঈথেং মরক্তা বিন্দু অমনি হায়বা খংলকই। মফোঙদোক্তা আধুনিক কবিশিংগুম্না সঙ্গতি য়াওদ্রবসু মশাগী ওইবা য়াম্না অশেংবা লোলদা শাগংপা শৈরেংশিং কয়া য়াওরি। ৱাখলদা নাইতোম তাবগী মওং উদে, থাজবগী অমসুং আশাগী মতীং য়াওরি। পুন্নমক অসি সুবদনীনা ক্রাফসমেন্সিপ্ট লোমদা থৱায় খরগা হেন্না য়াওশিন্দুনা ফোঙদোকপা হোৎনরবদি মতোন্দগী অকবা শৈরেং কয়া থোক্লক্কনি হায়বসি চেৎনা থাজে। সুবদনীগী হোৎনরক্লিবা য়াইফবা ওইসনু।

ইম্ফাল
১৭।৫।৯৫ ইং

লৈমপোকপম দামোদর সিংহ

# ফোরমগী মায়কৈদগী

খৃষ্ট চহী ১৯৮৮ দগী হৌজিক্ ফাওবদ ফোরম্না থম্লক্প লাইরিক্ ফোঙ্.বগী পান্দম মখাদ পুম্ন লাইরিক্ ৩৩ ফোঙজখ্রে। অতোপ্প ৯ অমসু ফোঙ্.ননব সেন্থং পীজখ্রে। মগুণ, লৈব সাহিত্যগী পোৎথোক্সিং মণিপুরী সাহিত্যগী পূক্কৈদা হাপ.চিন্জবগী পান্দমদ ৩৪ সুবা লাইরিক্সি খূদোল্ তম.জরি।

মণিপুরী অয়াম.ব অইবসিংন য়াওরব, অমগ-অমগ মতেং পাংনরগ লাইরিক্ ফোঙ.নব হোৎনজরিব অইবসিংগী মরূপ, অসিনি অইব/অইবী ৩৩ গী সৈরেং লাইরিক, ১৬, ৱারীমচা ১০, ৱারেং ৩, দ্রামা ১ অমদি উপন্যাস্ ৩ পুথোক.চখ্রে। হন্দক, পুথোক.চরিব ক্ষেত্রিময়ুম, সুবদনীগী সৈরেং "পিগী ৱারী" অসিন ঐখোয়গী ৩৪ সুব খুদোল্নি।

অইবন ফোঙ.ব ঙম.দবগী অৱাবসি কোক.হন্নব মরূপ.নি, সেন.দোং তান্নব নত্তে, সাহিত্যগী পোৎথোক, পুথোক.মিন্নবনি। অতুন লাইরিক, অসি ফোরম.গী মায়কৈদগী চাউথোক.চবগ লোয়নন মীয়াম.দ লান্থোক.চরি।

দিলিপ, ময়েংবম,
জেনারেল্ সেক্রেটরী
রাইটরস ফোরম,, ইম.ফাল্।

ইম.ফাল্
তাং ৯। ৫। ৯৫

# ৱাহৈ খরদং

ঐগী ইহান হানবা শৈরেংগী লাইরিক "মাঙখ্রবা ঈশৈগী স্থর" শোক ১৯৭৫দা ফোঙখ্রবা মতুং, ঙসি ফোঙলিবা "পিগী ৱারী" চহি ১৯ হেন্না কান্নরবা তুংদা মঙফাওনরকপা অনীশুবা শৈরেংগী লাইরিক্নি। "মাঙখ্রবা ঈশৈগী স্থর" ফোঙলবা মতুংদা "লাইবক" উপন্যাস ১৯৭৮, "নহাকপু ঐগী কনানো" ৱারীমচা ১৯৮২, "মুংগী চিনবাল" ৱারীমচা ১৯৮৭ অমসুং ঐগা ইন্দিরাগা পুন্না ইমিন্নবা "পৃথিবীগী ফুঙ্গাৱারী খরা" ১৯৯৪দা ফোঙখ্রে।

"পিগী ৱারী" দা য়াওরিবা শৈরেংশিং অসিগী মনুংদা খরদি ঐগী ঙল্লিদৈগী মতম কলেজগী পুন্সিদা ইখিবা য়াওরি। লোয়নমক লৌথোক্ক-সিরা হায়না পুক্নিংদা খনখিবনি অদুবু ঐগী ইমা লৈরিঙৈদা ইমাগী মমাংদা পা পাদুনা তাহনখিবা শৈরেংশিং ওইবনা খরদি লৌথোকচদ্রে। লাইরিক হৈজদ্রবসু মচাগী অইববু খৌরাংনা তানিংখিবা ইমাগী মমাংদা পাখিদবা, পারোই হায়বা অইবা য়াওখিদে অসুক্কী মতিক থৱায় য়াওনা পুক্নিং-চঙনা তাবিখি। ঐগী অইবা অমত্তং ইবা লোইরকপদা ইমাবু হেক্তা নীংশিংলকই। ইমা লৈত্রবা তুংদা ফোঙজবা শৈরেংগী লাইরিক অসি ইমাদা কচ্চরি।

লাইরিক অসিদা য়াওরিবা শৈরেং—

(১) ঐগী মীৎসি মীৎনহা য়াওদমাল্লে (২) মুংফদে ইমা নঙগী খোঙ্গুল (৩) উৎ চাইবা অমসুং (৪) হিংবগী দাবীনচিংবা শৈরেংশিং অসিদি বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম্না ইডিটর—ওইবা নুপী অইবীশিংগী ওইবা শৈরেংগী লাইরিক "নুপীগী খোঙ্জেল" দা ফোঙদোকখ্রবনি। অদুগা অসি নত্তবা শৈরেং খরসু সাহিত্যগী চেফোঙ কয়াদা হাপখ্রে। শৈরেংশিং অসিবু অমুক

নৌনা ফোঙদোকপা য়াহনবিবগী অয়াবা পীবিরকপগী শ্রীনাওরেম অমদি মরি লৈনবা পূন্নমকপু থাগৎচরি।

লাইরিক অসি নম্বা হৌরকপগী প্রুফ লৌরকপদা ঐহাক্না চেনা মরি ফাওবা য়েংলবা মতুংদগী লৌরেম্বম ইন্দিরানা পূন্নমক মহুৎ শিনবিহৌরে। ঐহাক হকচাং ঙমদবনা মরম ওইদুনা প্রেসতা চৎথোক চৎশিন তৌবা ঙমখিদরে। লাইরিক অসিগী মিংথোল "পিগী ব্বারী" মনুংদা য়াও-রিবা শৈরেং 'ব্বারেপ' মহাক্না থোনবিরকপনি। ঐগী য়াম্না তঞ্জান্নরবা মীকুপ্তা মানা ইনোং পীদুনা ঐগী শৈরেংগী শাহৌ শাগৎখিবনি। মাগী মফমদা তোল্লিবা লমনসিদি ঐগী কলম্না ইবতনা পেঞ্জবা ঙম্লরোই, থুপ্না থম্মোয়দা থম্লগে।

ওঝা লৈমপোকপম দামোদর সিংহনা মশাগী অচিনবা মতম কয়া কাইথোকপীদুনা ব্বাহৌদোক অমা ইবিরকপগীদমক ওঝাবু ইকাইখুম্নবগা লোয়ননা তৌবিমল খঙবা উচ্চরি। লাইরিক অসি ফোঙবগী অয়াবা অমসুং শেন্নুং রাইর্টস ফোরম্না পীবিরকপনি। অতুগা লাইরিকসি পুথোক্লবা হোৎনবদা তঙম্বা মতেং পাঙবীরকখিবা বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম, লাইরিক্কী মথুম য়েকপীরকখিবা ইপা খুন্দ্রাকপম ইবোমচা সিংহ অমসুং পিঃ এসঃ পব্লিকেসন্সকী ইপা পুখ্রম্বম শরত খুমন লোয়ননা প্রেসকী ইচিল-ইনাওশিংনা থব্বায় য়াওনা হোৎনবীদুনা লাইরিকসি অথুবা মতমদা ফোঙবা ঙমহনবীবগীদমক তৌবিমল খঙবা উচ্চবগা লোয়ননা পূন্নমকপু পূন্সিদা থক কাউজরোই।

ইম্ফাল<br>১৬।৫।৯৫ ইং

ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী<br>ক্বাকৈথেল মোইরাং পুরেল লৈকাই

# য়াওরিবা শৈরেংশিং

# তৎলবা লিক্লাং

শজিবুগী গুলাপতা হংউ
ৱাহংতুগী পাউখুম করিনো ?
করিগুম্বা পীরক্লুবদি পাউখুম অমত্তা
হংলুচো অতোপ্পা লৈকোলগী গুলাপতা
তাকলক্তুবা থোক্লবদি মতুদস্থ
ঐনা পীগনি, পীগনি পাউখুম।
নুংশিবগী ৱাহংদি নুংশিবনা খুমসন্নু
থুংনবগী ৱাহংদি তিন্নবনা ওইসন্নু
ৱাহং
পাউখুম
ৱাহং অমগী মন্নুংদা করম্বা অঙকপা ৱাহং
পাউখুম অমগী মন্নুংদা করম্বা অঙকপা পাউখুম
পীয়ু ঐগী কলম
পীয়ু চে, ঐ ইগে, ঐ ইগে
খোমজিনগে নীংশিং নীংশিং ৱারীশিংদো
মচোই মচোই তারবা
কিম্নরবা লিক্লাংতুগী পরেং
ঐ শেমগে, লেংশিনগে
পীয়ু ঐঙোন্দা পীয়ু
ঐ শেমগে লেংশিনগে।

২।২।৭৮

# পূন্সি

করিগীনো চানবা
মায়থোঙ লু-লুক্না চুবা মোন্‌খাঙনরিবা
করি চিন্তানো থম্মোয় ফুক্না খল্লিবা
করিগী শিস্থরিবনো মীৎলুদা ঈরা
পূন্সিবু অসুম্না তুকৎচনা লৌগদবা নত্তে
লৌগদবনি পূন্সিদি ফজবগী পুজারি।
নহাক খঙদ্রে খোৌরাংনা ভাইরিবসে
পূন্সি হায়ববু "খোৌরাংবনি"
ঈখোৌলাংনা ভাইজবনি
লোয়বা খম্বা নাইদ্রবা লানফমনি পূন্সিগী
অহুবুং
চৎখিবদা হকচাংদগী থবায়না
তিনখিবদা হকচাংনা মালেমদা
লোয়রে লোয়রে মতুদা
ঈখোৌলাংবা পূন্সিগী।

১৬।২।৭৮

# নুংশিবা

চাক্লবা থবায়দা হাপলিবা ঈরিক
নুংশিবনা থল্লবা থম্মোয়গী পাত্র
কামথোকপা ঙমদ্রবা মীৎকী উফুল
খম্বা নাইদ্রবা পীগী ঈফুৎ
চেন্থরক্লিবা ঈরিক মালেম তম্না
অতুবু হে মীথোইবা
নুংশিবগীদমক লেপ্পীরিবা থবায় হকচাং
নিংহন্নবা লৈতনা শিবা কিদনা
মাইরোং য়াগে চোংথোরক্লিবা থৌনাফবা
লেপ্পীয়ু পূক্লিং, থবায় হকচাং
শিজবা ঙম্বা ইরৈবাক্কী
চাউথোকপা ঙম্বা ইজাতিগী।

২০।২।৭৮

# মহৌশা

পূন্সি
ইথন্তদি হিংবা য়াদে
ইথন্তদি পূন্সি ওইদে
পূন্সিবু করিনি হায়না লৌরিবা
লৌনিংবা মওংদা লৌসন্নু
শক্লোন কয়াস্নু হোংসন্নু
হোংলিবা শক্লোনশিং অতুদা
ঐস্নু অমনি ঐস্নু য়াওরিবনি
নওস্নু য়াওরিবনি মাস্নু, মখোয়স্নু
তাও —,
ঙসিদি পূন্নমক অতুদগী শেত্তোরক্লুনা
তোর্ব্বান অমগী রাংমদনি
ঐনা লেপলিবসে ইথন্না
কনাস্নু উদে কনাস্নু লৈতে
নুংশিবগী মীনোক চানবীবগী রাহৈ
অমত্তা ফংদ্রবা অমত্তা য়োদ্রবা
চিক্লবা তোর্ব্বান অমদনি ঐনা লেপলিবা
থম্মোয়গী থাজবা খোৌরাংবা অমনা
ঙাইরি কনানো অমা
কয়াম কুইনা ঙাইখিনি
মদু ঐ খঙদে
ঙাইদি ঙাইখিনি ইথন্না ওইরবস্নু

কনা লাক্ত্রবসু কনা উদ্রবসু
ঈশিংগী ঈরাওখোল চেন্থ্রিবা ঈরৈ
পুথখ্রিবা শিংনাং কয়া কয়া
ফজনা শেন্নবা নুংশিবা লৈনম চেল্লবা
নাচোমলৈ কয়া তাওথখি পুথখি
কনানসু খাম্বিদে কনানসু খুনবিদে
মথন্তা মদোম, মথন্তা মদোম।
তাও, ঐগী পাউদমসে
তাবিনবা লৈত্রবসু ইনাক্তা কনা
হে তপ্পা ঈংনা হুমলিবা মলয়া
হে মহৌশা
নঙোন্দা তমগে নংঙোন্দা লিগে
লাক্কদবা মাসু লাকপীদরে
মতমদি হেনখ্রে হায়নবা থাশিং
কুমজা ফারক্লে
অচুবু মহৌশা
নংনদি য়েংবিরি
নঙনদি উবিরি
লৈবিরি ইনাক্তা।
নঙদি পুন্নমক্কী পাউদম্নফম্নি
নঙদি পুন্নমক্কী পাউজেলনফম্নি
অৱাবা-মুংঙায়বা, কপ্পীংবা-নোক্লীংবা
কায়নবা থুঙনবা কয়া কয়াগী
মীৎকী পী, চিনবালগী মীনোক
কয়া কয়াগী তুঙনফম্নি
ঐগীসু তুংনফম ওইরি
তাওনে, চৎখিন্নুনে মহৌশা

লৈখোক লোইরবী লৈরাংনা
লৈপালদগী কেল্লকপা
মখোক লোইরবা হৈরাংনা
হৈপালদগী কেল্লকপা
নুংশিংনা শিংপদা উনানা লেংলিবা
লৈরাংগী লৈনম মালংবনা য়েল্লিবা
খঙলুদবা ঐনা খল্লুদরে হৌখিডৈ মতম
পূন্নমক অর্থ লৈরমলে
মহৌশাগী মপাউনি।
মহৌশা নোংমদি তিল্লরগদবা নঙোন্দা
ঙসিস্থ ননাক্তা লৈরিবা
তাবিফম থোক্ত্রবস্থ ঐগী ৰারী
উবিফম থোক্ত্রবস্থ ঐগী অরাবা
কনা খঙদ্রবস্থ নঙতদি খঙবিরি
নঙতদি লৈবিরি ইনাক্তা
তোর্ব্বানসিদা কুমজা কয়ানো
কুমশিং কয়ানো
ঐনা ঙাইগদৌরিবা।
তোর্ব্বান অমদগী তোর্ব্বান অমদা
মতমগী খোঙলৈ ত্তুংইন্না
পূন্সিগী চেংজেল পুনা পুনা
কয়া কয়া লাম্থোকখ্রে
কয়া কয়া চংখ্রে
মখোয় পূন্নমক্লা
ঐবু য়েংনা য়েংনা চংখি
অমনা অমদা ঙায়নবগী
ঈঙ্গিং অমত্তা তৌনদনা

কয়াম কুইনবো ঐনা ঙাইগদৌরিবা
মফমসিদা ইদোম।
লুপথ্রসিরা ঈরোলমুংসিদা
তিনথ্রসিন্না লাইজসিগা
করিদি উপায় লৈ
কেমশিল্লক্লে হকচাং অসি
কংশিল্লক্লে নোংমা নোংমগী
ঙসিদি ঐগী থরায় মীরেল
তিনথ্রগনি মহৌশা
মহৌশা নঙোন্দা
নত্সাক্তা চাউরক্লবা
নত্সাক্তা হিংলক্লবা
মহৌশা মহৌশা
নঙোন্দা চঙজরি
মহৌশা মহৌশা।

তাং ২৮।২।৭৮

# ৱাখলগী ঈচেল

ঐগী ৱাখলগী ঈচেলনা লেপথ্রবদা
ঐগী পূন্সিগী ঈচেল লোয়রে।
ঐগী থম্মোয়দি নঙগা মান্নদে,
নঙনা কপ্পা মতমদা ঐ নোকই
ঐগী থম্মোয়দি নোংমদোলগী লৈচিলনি
লৈচিলগুম্না নীংতম্মী।
লৈচিলগী শক্লোনগী ঈপোমদা ঐনা ইরোই
নিংথৌ তুরেলনা ঐবু কৌশিল্লি
হরাওনা খোঙজোমনুবীগা চংমিন্নে।
ঐগী ৱাখলগী ঈচেলনা লেপথ্রবদা
ঐগী পূন্সিগী ঈচেল লোয়রে।

২।৩।৭৮

## পৃন্সি খোঙচৎ

হায়নৈ খ্রিটেনদি নুমিৎ তাদে
করিগীনো খঙত্রা ?
ঐগী মীৎয়েংগী ঙমখৈ লৈতে
পৃন্সিগী খোঙচৎ লোয়বা নাইদে
অতুবু খোঙচৎ অতুদি অচম্বা নত্তে
খুদোংথিবনা থল্লি ।
হায়য়ু লাম্থোকপা ঙমগদরা
ঙমফম থোক্তে
করিগুম্বা ঙম্বদ্রি
ঐনা হায়নিংই
পৃন্সিগী লানফমদা মায়পাক্লবা
লান্মী অমনি, লান্মী অমনি ।

১৫ । ৩ । ৭৮

## চেন্থরক্লে

নঙগী লাইবক্কী লংলবা চন্দোন্দো
অমমমতা ওইনা মমি শামখ্রে।
নঙগী মীংলেন পুরুবদো মীওন্দগী
মমি শাম্বা হৌক্লে
নিংখায়রক্কদৌরে
পামজবা খরনা কৌরবসু
অখঙবদি তোক্লে
পূন্নমক অনৌবা য়াওলদা চেল্লক্লে
চেন্থরক্লে অসুম অসুম
চেন্থরক্লে অসুম অসুম।

৪।৪।৭৮

# ঐদি তাইবং মীনি

ঐ করি ওইরিবগে
ঐবু করি চারিবগে
ঐবু ঐরা ?
ঐবু মী নত্রা ?
ঐবু হংনা শাবা লাইধিরা ?
নত্তে নত্তে
ঐদি মীনি
তাইবং মীনি
ঐগী ইখোঙ অনী
ইখুং অনী, মীং অনী
নাকোং নতোন চিন চিনবাল
লোয়না পাল্লি লোয়না পাল্লি
ঐ তাইবং মীনি
ঐদি তাইবং মীনি
অহুবু
ঐ করি ওইরি
করি চারি
ঐ কনানো, কনানো ঐ
ইথন্তা খঙজদরে
ঐ চৎপা লেঙবা
লোয়না ঙম্মী লোয়না ঙম্মী।
ঐনা করি খল্লি

করি ৱাখলদা লুপ্পী
কনাবু নীংশিংলি
কনাবু কৌরি
কনাবু থিরি
খঙদে
নঙ কনানো করম্বা মীশক্নো
হায়বা ৱাহংতু
ঐঙোন্দা হংলক্কনু
পাউখুম পীবা ঙমলোই
খুম্বা ঙমলোই
কান্নদে
অমবু ওইরবস্তু অমবু ওইরবস্তু
ঐদি মীনি
তাইবং মীনি।
মী অমা ওইবগী ফমফমদি পাম্মী
ফমফম অতু নখোয়না পীব্রা
নত্রগা
ঐনা লৌজদবরা
লৌগে খন্দবরা ?
অতুবু হৌজিক হৌজিক
ঐগী ফমফম লৈতে
ঐগী তুমফম লৈতে
ঐ চৎলি কোইনা চৎলি
কোইচৎ চৎলি।
পম্ব্রং লৈতে পল্লেপফম খঙদে
পম্ব্রং হায়বতু কদায়নো ?
খঙদে

নঙ খঙব্রা ?

নখোয় খঙব্রা ?

খঙলবদি তাক্লকউ

তাকউ ঐঙোন্দা

ঐ চৎকে পোৎথাদনা চৎকে

অদুবু

নখোয়স্থ খঙদ্রবা

নখোয়স্থ অমত্তা খঙদ্রবা

ফরে

ঐঙোন্দা ৱাহং অমত্তা হংলক্কনু

ঐদি ঐনি

ঐদি মীনি

ঐদি তাইবং মীনি

ঐগী অঙাং ওইরিঙৈগী পূন্সি

কদায়দা লেনখি

ঐ খঙদে

করিগীনো ইথন্তা লৈরম্লীবা

ঐগী ইমা ইপাদি

কদায়দা চৎখ্রবা

কনানা পোক্লম্বা কনাগী মচা

ইচিল ইনাও ইচল ইচে

মখোয়না কদায়দা

কদায়দা মখোয়না

ঐ খঙদে

ঐনা খঙবা হায়বব্রু

ঐ ইথন্তনি

ইথন্তনি ঐনা খঙজরিবা

ঐগী ইমা কনানো
করি মীং কৌবগে
ইপানা কদায়দা লৈবগে
ঐ খঙদে
হংলকনু ৱাহং অমত্তা
ঐ খুম্বা ঙমলোই
ঐদি ঐনি
ঐদি মীনি
ঐদি তাইবং মীনি
ঐদি তাইবং মীনি ।

৫।৭।৭৮

# নীংশিংলকখিগদ্রা

নঙনদি ঐবু নুংশিমন্দুনা
থাদোকপা ঙমদনা কপ্পী হায়
অহীং কয়া তুমদনা
অদুবু ঐদি
করিনো খঙদে নুংশিবা
উরিবসিনা করিনো
নক্লরিবনা করিনো
তিন্নরিবনা করিনো
পীকশিল্লক্লে পৃথিবীসে নোংম নোংমগী
পীকশিল্লকপত্তুনা মচেৎ তাগদৌরি
মচেৎ তারবা পৃথিবী অসিনা নল্লবস্থু
শিরমদাই মীকুপ্পুদা চেল্লক্লুনা
নীংশিংলকখিদ্রা নুংশি হায়না ইনাক্লা।

তাং ১০।২।৭৯

# চয়েৎনরবা পূন্সি

খাঙফম খঙদবা চৈনা অমা
থম্মোয় অসিদা ফাওরক্লে
লংজরুবগী ইরাল্লা হায়বত্তুদি
ঐ ইশামকস্তু হায়জবা ৎমেদ্রি ।
অত্তুবু ইপূন্সিগী হৌগৎলকপা
শরুক অত্তুমক নত্রবস্তু
মত্তুদগী হেনগৎলকপা শরুকশিং
অত্তুগী মতমশিংদি
মীচিনফাও য়েংলমদনা চৎখি খঙহৌদনা
নেৎলূদ্রবস্তু কনাগী ফিজি ফিনা
তারকখিদবা নত্তে অত্তুগুম্বা
নোংলৈলক্তা য়াওরকপা পামজদবা উফুলশিং
কামথোকপদা চত্তবা
লাওরকখিদবা নত্তে তোর্ব্বানগী মীশিংনা
মুংশিবা, চান্নবা, য়েক্লবা
কয়া কয়াসিগী মরক্তা
শাগৎলকখিবনি পূন্সি নঙবু
কনাস্তু হায়নবা তান্নবা য়াদনা
অত্তুবু
হৌজিক্তি থৌনা ফনা পূন্সি নঙবু
কোনশিনগদ্রা নত্রগা লংথোক্কদ্রা ?

১৫ । ২ । ৭৯

## মমিদুবু শামথ্রবরা

মুংঙাইনা নোঙ্কম্মী থম্মোয় অসে পেল্লা
অরৈবা খয়াৎমথে লাওনা কাথোক্কুনা
অরাবা ফাওখিদে নোংজুগী অহিংদম্বু
অদুবু
করিনো হৌজিক্তি ওন্নরে
মতম হোংথ্রবরা ?
চকসু শুল্লবরা ?
নত্তে নত্তে
মতমদি হোংদ্রি
মুমীৎ থা থবানমিচাক খোকলি।
করিনো শরকসে নমথিবা মনম্মা
থল্লে মাইকৈ খুদিং
চৎলম্বনিদকো অদুগী মুংঙাইরবা লম্বেলদুদা
নোংমদি হরাও হরাও
অদুবু করিনো ঙসিদি খোঙদা
খুরৌ চেনশিন্দুনা তুগে তৌরিসিবু।

১০।১১।৭৯

## খুন্নু তুনবা

খুন্নু অনীখক তুনৈ
ইমাংমক্তদা মাশা ফ্রৎ ফ্রৎ কন্দুনা
উরুদে ঙসাইমখৈ
য়ালখ অমদা লুপলিঙৈদা
মঙলান কাইহনা য়েংথোরকপদা
উরুবনি খুন্নু অনৌগী মতৌদু
পূক্লিং চিংশীল্লকই খুন্নু তুনবদা
নোকনিংই হরাওই পেঞ্জে
ইখঙ খঙহৌদনা শিরে
খুন্নু অমা খুন্নু তুনবদা
শিরিবা খুন্নুদু ঐখোয়গীনি
ইচা য়াইমনা হায়রকপদা
খংপ্রেক খংই
ইস! ঐদি খঙলুদ্রেদনা
খঙজরম্নবদি তাম্থোকচরমগদবনি।

২০।৭।৮০

পাঙগী য়াম্নী /২০

# ওইরুসি মখোয়গী অচেৎপা মরুপ

নিম মচু মাল্লবা অতিয়াগী মথক্তুদা
কোইমিন্নসি নঙগা ঐগা পুন্না
শারুসি ফুরা কয়া ফংঙমদ্রবা মীনা
লৈরুসি ঊনাগী খাঙপোক্তা
থম্মোয় থম্মোয় তিন্নবা
মীরাগী সুংশিৎনা তেমথেং নাইনা
য়োবা ঙমদ্রবা লমদমতুদা
চুমথাংগী মখোঙদা ফমমিন্নরুসি
ধ্রুবতারাগী মনাক্তা কোইমিন্নরুসি
তমথিনা লৌবিরবা যমগী লৈবাকতা চৎলুসি
য়েংলুসি চিত্রকুপ্তগী থোদাং
ত.চুম্বরা অরানবরা খোৎলিবা মানা
চাইরুসি ঈশিং মীখুৎনা শোকপীদ্রবা
য়েংবিদ্রবা মথন্তা নাইতোম শাৎচরবা
মথন্তা হৌরক্লগা মথন্তা কেনজরবা
শীংঙেল লৈরাংশিং
মখোয়গা লোয়নসি নঙগী ঐগী পুন্সিনা
তোল্ল তারবা কয়াগী
অৱা তেংথারোলগী ৱারী
কনানা তানিংবা পোক্তুৱস্থ
তারুসি, য়ারুসি অৱাবদা মখোয়গী
ওইরুসি মখোয়গী অচেৎপা মরুপ।

১৭। ১১। ৭৯

# শগোল হন্নুবা

কনা লৈত্রবা
শগোল হন্নুবা অমা
শিথ শিথ নাহেরকই
কনানসু তাবিদে
কনানসু য়েংবিদে।
শগোল হন্নুবদু ব্রানা খাঙলকই
মীংকী পী খাঙগৎপা ঙমদ
তারকই লৈমাইদা পোপ পোপ
লমছুইনা য়াক্লা য়াক্লা খোঙই
কনানসু তাম্বোকপীদে।
স্বর্গগী জগোইশাবীনা,
হৌনা হৌনা নোকই
কনানসু খাম্বীদে
থোঞ্জেলতুনা পুমনিল নিল্লি
থক থক নিকই মালেম
ব্রানা খাঙই উনা ব্রানা
তথক তথকই শক্তি শঙাই, শা উচেক
কনানসু য়েংনদে অমনা অমদা
কনানসু হংনদে অমনা অমদা
করি থকলিবা করি চারিবা।

২৫। ১১। ৭৯

# য়াহং

লোয়বা ঙমদবা পূন্সি অসিবু
অসুম পুন্থনা করম লোয়য়ুগে
চৎলো
চৎথ্রসনু
চৎহনখিবা পামলে
মৈরি অমত্তং ঙাঞ্জবা
আশাগী মুৎলি মুৎলিবা অতুম্থ
হুমদোকখ্রেনে নোং তাদবা
কালেনগী মুংশিং মপৈ অমনা,
মুৎলরোইদবা মৈচাক কংলরোইদবা ইফুৎ
কৈদৌদৈ খমগদগে পূন্সিসিদা
কৈদৌদৈ মাঙখিগদগে তাইবংসিদা
হৌজিক্তি ঐনা পূন্সিবু
করিনি হায়না লৌখিগদগে
করম্না আশাগী মঙালদা
পূন্সিবু ঈপোম হৌহন্দুনা হিংখিগদগে
মতমগী শারবা মৈরিদা
চাকথেকহন্দুনা তাম্থি ওলহল্লসিরা
মসিনা থম্মোয়গী অপেনবা হায়বত্থ ওইরগদ্রা ?

৫।৭।৮০

# থম্মোয় অমদি পী

নঙগী নফমদা চংঙৈ
শীন্থরকপা পীগী ঈরানা
লৈগী মন্থুৎ শিন
মসি নত্তনদি করি লৈরিবগে
ঐগীনি হায়বা ?
তাকউ লম্বাংনর ঐঙোন্দা
হায়ফম খঙদ্রবা থম্মোয়সিদা
য়ৈরকউনে পুংগী পুংখোল
শিনবা থুংনা শন্দোকপ্রবা
অমম্বা লৈচিলগী মপৈরক্তা
থিন্দুনা তাকপীরকউ
ঐহাক্কী লৈফমদি সিদনি
লৈজনিংদে পোমশাৎনবা লৈরাংগী লৈকোলদা
পোৎথাজনিংদে মীয়ামগী ইনিললক্তা
শান্নজনিংদে অঙাংগীলক্তসু
ফমজনিংদে তোল্ল-তার কয়াগীলক্তসু
পামজরক্লে অঙংবা নঙগী তম্পাক্তা
হিপচগেনে ইকোক নোন্না
য়েংবিরকউনে হুংশি মীনোক্লা
ঈংজগেনে থম্মোয় ।
কোনখৎপীয়ু তরাম তরাম

ৱারবা কয়াগী মপূনি নহাক্তি
চংজরক্লি ভিক্ষারীগুম
লৈজবা পূম্বা কখোকচরে নফমদা
লৌশিনবীয়ু খুৎথেংননা
কচ্ছরি থম্মোয় অমদি পী।

১। ১। ৮৬

# কৌবিরকউ ঐবু

থম্মোয়গী নুংঙাইতবা ময়াম অসিগী
মৈশা ফাওরবদি নঙোন্দা
ঐগী পীগী ঈচেলদা
নঙগী পূন্সিসু তিল্লরগনি।
ইনুং মশেক্না য়েরকত্রিঙৈ
কোরৌহনবগী ঈনিল ফংদ্রিঙৈ
থম্মোয়দা ভুংতুনা লৈরিবা রাখল
ঙম্নমক য়াকাইহল্লে নঙনা
তুম্মু য়াদবা পাংদবা মীৎসিনা
থম্মোয় খোন্না অরাবা পীররে
অরাবগী তেমথেং য়েরবা মৈচাকসিদা
নঙগীসু শরুক য়ারবদি
অরাবা ঈচেলদা তিল্লরনি
ঈচেল নাইবা ঈপাকসিদা
ঈথৈতুনা অতোপ্পা ঈপাক অমদা
চৎকে হায়না নিংলবদি
ফংখিবা য়াই অতোপ্পা সংসার অমা
ঙমদবা খোল্লবদি ঈবৈসিদা
ঈরাক্লরগনি নঙ ঐ পুন্না
লুপপ্রসিরা ঈবৈসিদা
চেন্থহনপ্রসিরা শিংনাংশিংগা লোয়ননা
লেপ্পবনি ঐদি হোংলরোইদবা ইরাখল
ঙম্নমক থাদোক্লুনা থম্নগে থম্মোয়দা

পীপী, রারী /২৪

কনা খঙদ নঙগীদমক
পূন্সিগী ঈচেলদা তিন্ন তিন্না
কাউখিবা থোক্লবদি নহাক্লা
থম্মোয়দা তাখিবা মমিশিং
ওইজো নঙগী অঙ্গংবা
অশাবা মুংশিংনা হকচাংসিদা
য়ৈরবস্তু ঐহাক্তি
খাঙবা ঙমদবা মৈচাক্লা
থম্মোয খোন্না চাক্লবস্থ
খাঙলগে কাউদ খুদম ওইনা
হন্দক মপোকসিমগী।
পূন্সিগী অরোইবা চেনাদা
পুতুনা চংপা ঙম্লবদি নাংশিং শক্তম
ওইজরগে মতুনা থম্মোয়দা অঙ্গংবা
রাখলনা রাখলদা ঈরাক্লগন্দবা
নঙগী থম্মোয়
মুংঙায়বা মঙলান্দা তাওজবা পামজবা
নঙগী পূক্লিং
শান্নজো মতম চুপ্পদা
থোংপা লৈকোলগী লৈরাংশিংগা
অতুবু করিঙম্বদা খঙহৌদনা
থিনদংখিবা থোক্লবদি থোংলবা হকচাংদা
হায়ঙম তৌঙমদবী লৈরাংগী তিঙ্খঙনা
তারক্লবদি অঙাংবা ঈখেং মহকচাংদগী
নীংশিংলকউনে ঐবু চিরবা মতমতুদা
কৌবিরকউনে ঐবু নঙগী থম্মোয়দা
লাক্কে পন্থদনা ওকপীয়ুনে তরাম্না।

৪।৪।৮৬

# পৃন্সিগী ফম্বাক্তা

নুপী অমা ফমুং অমদা
মফি মরোল ইংকোম কোম্না লৈ
চেকশিন খোইজিনদে।
করম্বা ফমুংদা হিপ্লী
করম্বা ফি হকচাংদা থোঙলি
মা মশানা মশাবু খঙজদে।
পৈশা চবুন অমা
চাইখাইতুনা লৈরি মাগী মোন ময়াদ
তথক তথকপা মমিৎ অতুনা
শেগাইরবা শিল্লিং অতুদা য়েংলকই
কোইনা য়েংলকপদা উরকই
উরা হুমদাং নাম্থোক্রবা য়ুম্থীমখোঙ
অমুকম্তু হম্থনা য়েংলকই মশাদা
মোল্লবা মখুৎ অতুনা
মশা মথন্তগী চিনবালদা
নোকমী নোকমী নাল্লকই
মাইদা মীত্তা পাম্থোমদা
শ্বর শাংনা হোম্থরকই
অশাংবা শ্বর মরক্তুদগী
মথন্তা শোঙ্গরকই
পৃন্সিগী ফম্বাক্তা মখল কয়াগী
কুমহৈ উৎলি

অফবা ফত্তবা অথিবা ফজবা
পূন্নমক্কুগী মরক্তা ইজ্জৎপু
খোঙ্গাঙনরগা ফংলকপা শেলশিং
খন্থরুরগা তবা তবারবা
ঙাংলৈনবা চিনবালহুদা
তপ্পা তপ্পা নান্থরকই
তনৌরবা খুৎশাশিংহুনা
পেনবা নাইদনা নাল্লকই
তনৌরবা খুৎশাশিংদুনা ।

তাং ১২ । ১০ । ৮৬

# স্বৰ্গগী জগোইশাবী

মীৎয়েংদু য়েংল্লক্কনু মীনোক্তু নোয়ক্কনু
ঐ কি স্বৰ্গগী জগোইশাবিসি
হন্দোকউ চংখ্রো লাপ্পা
ঐবু য়েংহনগনু
ঐ পামদে ঐ য়েংনিংদে
ঐগী চিনবালনা
নঙগী থোংলবা খজায়দা
থেংনিংলকপা য়াই কোননীংলকপা য়াই
হন্দোকউ চংখ্রো লাপ্পা।
হায়দু করিদি উপাই লৈ
অসিবু নত্রা নুংঙাইবা
মান্নি ঐদি স্বৰ্গগী জগোইশাবী
ঐগী জগোইনা ঐগী পুন্সিনি
পুন্সিবু লৈত্রবদি
ওইদ্রে ঐসু মাইকৈ ফিশেংনবী
অদুবু ঐদি
পুন্সিগীদমক পুন্সিনা
ওইহল্লি মাইকৈ ফিশেংনবী
সিবুতা নত্রা
নখোয়না পামলিবা নখোয়না ওইহন্নীংলিবা
মান্নি ঐদি মাইকৈ ফিশেংনবী
মান্নি ঐদি স্বৰ্গগী জগোইশাবী।

২৫।১১।৮৬

# উৎ চাইবা

করি কান্নৈ শকখঙদবা
শেগাই শেগাইদুনা উৎলগা
হকচাং হকচাংশিংদুগী কয়াৎশিংদু
উদ্রিবদুগী ঈখোলাংলবা ঈনিলদুদা
পোথাহনবা পামব্রা মাপুম তিংনা
অদু ওইরবদি ঙমমক ওইহল্লো
ফি শেন্ডবা লমলক্কী শা
মীনা য়োক্কবা মনিং তম্লা।
শাগা শাগগী মরক্তা ইকাইবা লৈতে
মখোয়দা অচোম্বা কারিনো খঙদে
খঙবসু পামদে
খঙনবসু হোৎনদে, খঙলুবগীসু কান্নদে
মসিনি, মসিদনি
মীগা শাগা খেন্নবা।
শা মকোক পানবশা
কৌরো শায়ামদো
নখোয়গী খুকৌ অখন্নবা খঙনবদো
লাউনা ঙাঙবা য়াদবদো
লোন্না নখোয় নশেনভা খঙনবদো
অদুগা তরু তরু পাঙজরিবা
নৌরিবা অগাংগী মীৎভা
উৎতি চাইশিল্লকনু।

১৫।১।৯২

# ঐগী মীৎসি মীৎ নহা য়াওদমাল্লে

ঐগী মীৎসি মীৎ নহা য়াওদমাল্লে
মাঙদা লৈরম্বা পূম্নমক
কাল্লগা থৈরগা উদনা চৎলি ।
মবুক কংবা থরোইনা
লৈবাক্লৈবু নোইহত্তুনা মাঙহনবসি ফনা য়াম্মে
ঐদি থোইনবু য়েংনিংদ্রবনি
শাওনিংবনা হকচাংসি থক থক নীক্লবনি
হোসপীটালগী কাহুদা লৈনা অমথক
পত্তুনা খোঙনেৎননা লৈরম্বহু
উবদদি থরায় শোকই ;
শোকই কৈদৌনি
খুদোল খোঙউপ উপ্পী নুপী অমনা
গলি অমদা ফিরুক খুমহুনা কপ্লহু
ঐদি খঙদে
খঙদবনসু পীক থল্লে
খঙদবনসু ফরে ।
হবাগাড়ী মথক্তগী নুংয়াম হুম্থরকপদা
খোংবান্দা শাৎচবী লৈরাং অমথক্তা ননশিনবদো
উহৌদে
উরবসু উদে
খঙলবসু খঙদে
মরমদি
ঐগী মীৎসি মীৎনহা য়াওদমাল্লে ।

৪ । ৩ । ৯২

ঐগী খারী /৩০

# হিংবগী মমল

শাহিংচাবা শারমচৎ চৎপা নখোয়না
নৈথৎপীখি নৈমল চলহনখি
খাঙঙমদনা খাঙহনখি নৌজরিবী হকচাং
করম্নবু উৎকনি করম্নবু চৎকনি
হরাও হরাও মীয়াম মাঙদা।
মীকুপ মীকুপ খুদিংদা
তমথিবা থৌদোক অদুবু
কাউথ্রো করম্না লংথোক্কনি।
থৌরি কোঙ্গোই হুক্কুনা
থরায়না পোন্থা ওইনিংদে
হিংবগী মমল অসিবু
নখোয়থক্কগী ওইবরা ?
থোক্লিবা থা থরান অতিয়া
নখোয়থক্কগী শেম্নবরা ?
যুগ যুগ খুদিংদা হিংলক্লিবা অসিবু
নখোয়থক্কগী ওইবরা ?
হিংবগী মমল অসিবু
নখোয়থক্কনা লেপ্পরা ?

৩।৪।৯২

# নঙগী ৱারী

নুংঙায়না লৈবা নঙগী পূন্সিসে
ঐনা ৱানা উখি।
অতুনা ইরিবনি ঐনা
অৱা পোলোয়নবা ৱারীসে নঙগী।
থাজখিদে নঙ
অসুম্না রারক্কনি হায়বা
অসুম্না নদোম তরক
খাঙঙমদনা লেল্লক্কনি হায়বা
ঐসু খঙদে,
অতুবু সুপ্নগী
কল্পনা খক্তদা ইখিবনি
নঙগী ৱারী অৱাবা ৱারী।

১০।৪।৯২

## ফল তাদ্রবা অঙ্ক

খুৎলায় য়াওদনা
লাংঙেংনবা ঙমলোই ঐদি।
পাংদবনি হায়সন্থ
মীকিথিনিঙ্গ হায়সন্থ
মায়োক্লবা লালফমদা
পাজেং ফিরাল থেংপদি
খুংলায় মাগী মপাননি।
খুৎলায় য়াওদনা শোক্লবা
ধর্ম্ম যুদ্ধ অতুদি
সত্য যুগকী রারীনি
সত্য যুগকী ফোর্মুলাহু
কলি যুগতদি চানদে
কলি যুগকী নীয়মদি
মীনা অমা চাবদা
ঐনা অনী চাগনি
মীনা অনী হাৎপদা
ঐনা মরি হাৎকনি
শয়েং পাম্বোম ঙানবীহু নত্তে
দোংতা হায়বদা
তোপ হেক্তা তুবনি
হেক্তা লোইশিন্নবীনি
বীচারপতি কৈদৌনি

মানা হেন্না লালহল্লি
অচুম্বগী ফোর্মুলা
অনীগা অনীগা পুরিরগা
মরি নত্তে মঙানি
মঙা নত্তে তরুক্নি
য়েৎনরগা কৈদৌনি
ফলদি অমত্তা তাদনা
ফলবু কনানা তাহননি
অখঙবগী চিনবান্দি
নুংগুম মচি লেংদ্রবদা
নোম্মুবা য়াদ্রবা তাইবংনি
অঙ্কগী ফলনা তাদ্রবদা।

১১।৪।৯২

# হিংবগী দাবী

ইমা,
নঙনা পোকপীরম্বত্না
তাঙ্গরক্লীবনি দাবী অমা
নীংতম্না কোইপাই পাইনা হিংনবগী
পূন্নমকপু শুনা উননবগী
অদুবু
ইশা খপ্তনা পাইরুবত্না
হেন্না তমথিবা চৈনা পীরক্লে।
ইমিৎ অসিনা পূন্নমকপু উরুবত্না
হেন্না শাথিবা মৈচাক ওইরক্লে।
নীংতম্না হিংবা পুন্সি মহিং অদুদি
অমনা অমবু শেংলগা চাবা
অমনা ঙাংবা অমনা তাদবা
পূন্নমক অচৌবা পুন্নমক পুমখণ্ড খণ্ডবা
অদুনি, অদুবুনি।
তুফাং খপ্তনা পাইবা ঙমদ্রিবা
নখোয়স্থ ঙন্নমক থোরকউ লাউনে
য়াওরো লাওনে মচু মচুগী কুমহৈদা
কুমহৈবু য়েংবা হৈরবদি
পূন্নমক মুংঙাইবগী মুংঙাইবা ঙাক্তনি
পুন্নমক ফজবগী ফজবা ঙাক্তনি
অদুবু

কুমহৈ য়েংবদা চোকথরবা রারবা ঐদি
ঐগী ইহুম অতুদা চংলগে
পুংপং পংথরবা হকচাংসে পোত্থাহল্লগে
কুমহৈ য়েংবদা তাংলবা ইমিৎ অসে
অসুম্মক তাংলসন্নু
মতুনা পূক্নিংগী অঙাংববু পীরবদি
অতুবু
লৈতাবা শমদবা রাখল অসিনদি
খল্লন্নু হায়বা য়াদনা
কল্লী বনাগী দমক ?
চৎক্লো পূন্সি
অনৌবা মপোক অমা পোক্লনবা
অরংবা অথকপা য়াওদবা
থোৎলবা ইনাগী তম্পাক্তা।

তাং ৫ : ৬ । ৯২

# নমথাক

লৈমরেম্বীনি ঐ
অৱাবা পুম্বা খাঙবা হৈবী
জগৎ পোকপী মমানি
অদুবু
কৎলরি ঐঙোন্দা হঞ্জিল হঞ্জিল
হুবু অমৃতনি শাজিল্লগা ।

২।৮।৯২

## অমঙ্বা

অঙানবা নঙ চংখ্রো ইনাক্তগী
উহনবা ঙমদ্রে নঙনা
পীবা ঙমদ্রে ঐঙোন্দা "নুংশিবা"
অহুনা ঐ
মতম পূম্বগী ওইনা
মীৎ উইশিল্লবনি
পূম্নমক মম্নবা।

৩।৮।৯২

পীগী য়ারী /৩৮

# মুৎফদে ইমা নঙগী খোঙ্গুল

ইমা,
চরৈ ফিবু কৌনা শেৎ
খাংদা খাংচেৎ মচি লাং
লুতুংগী শম্মুল কিশি কি
অকিবা মচেৎ য়াওদনা লাম্হেংনরম্বা
ঙসিদি
ইমা নঙনা পোকপীরম্বা নচাশিং
থেংনবা তারি লাল অমা
অতুগুম্বা নুপীলাল।
চাননবগীতা নত্তে, শেৎনবগীতা নত্তে
মুৎখিগদৌরবা খোঙ্গুল অমগী দমক্তনি।
খোঙ্গুলসিগী দমক্তা
মতম ওইরে মীকপ থোকপা
ইমাগী মমোমশিং।
ফক্লাং মরিগী মনুংদা
সতি শাতুনা লৈথোকফদ্রে
অরায়বা ফিজোল থাদোক্তুনা
পুরুবা মীংলেন লংথোক্তুনা
কনশি লাও, য়েংশি লাও
ইমাগী খোঙ্গুলনা তামখিবা
মুৎফদ্রবা খোঙ্গুলনি ইমাগী খোঙ্গুলসে

খোঙ্গ্‌লসিনা লম্বীনি লাক্কদবা মচাশিংগী
মতম ওইরে থোরক্লো
মুৎথ্রবদি খোঙ্গ্‌লসি
অমুক থিবা ফংলরোই
নশাবু নশানা খঙলরোই
কনানো হায়বা নীংশিংলরোই
মিংশেলদা নমি তাররোই ।

১৩ । ১২ । ৯২

## বিন্দু অমখক্তং

পৃথিবীসে নোংম নোংমগী
পীকশিল্লক্লে
অস্থম অস্থম পীকশিল্লকপত্থনা
মমৈথংদদি
অডাংবা ঈখেঙ মরক্তা
স্থপ্নগী
বিন্দু অমখক্তং ঙাইরক্লে।

১৫।২।৯৩

## উৎ

মৈ থারিবা শিং
নঙনা লোয়খিবদা
মৈতাল ওল্লি
হিংবগী লমজৈ অসিস্থ
উৎ ওনবদা লোয়রে
অদুবু
শোন্নরিবদি
পান্নরিবদি
শয়িদগী তারকপা মৈতালদুনি
মৈতালদুদগী তারকপা উৎতুনি।

১৭।২।৯৩

# চৈথেং

কপ্লিবা অঙাংগী
খোঞ্জেল ফাজিনবস্তু মমানি
শেমগৎপস্তু মমানি ঙালহনবস্তু মমানি
অফবস্তু মমানি ফত্তবস্তু মমানি
চৈথেং ফংবস্তু মমানি
মৈশা লাংবস্তু মমানি
শোইরগস্তু মমানি শোইদ্রগস্তু মমানি
মমা অমস্তুং মুপীগী মরক্তা
খেন্নরিবসি কৈদনো মান্নরিবনা কদাইদনো।
থৌজাল উংপীরিবনা করম্ননো
নৈহৎপীরিবনা কনাননো
অদুবু যুগ যুগ খুদিংদা
চৈথেং ফংহুনতা মরাকই
অথাঙকনবী নহাক্তি।

৪।৪।৯৩

## উপায় লৈতবা

চংজরকপা মীতুদা
নুংশিবা মফম পীরুবগী
থৌজাল মরিক অমত্তং উৎলুবগী
ঐবু ফাজিনবী
তমথিবা মীওং মীনৈগা লোয়নননা
কনা লৈজদে উনা উনা
পীবা ঙমলোয় খঙনা খঙনা
পুরকউ শেন য়ামদো হঞ্জিল হঞ্জিল
থৌজালবীরকই অচৌবত্তুনা
নুংশি মীৎয়েংনি হায় ফল্লাইবত্তুনা
খুত্নুম শিংত্তুনা থম্মোয়দা
হিপথৈ ঐনা
খাজিল্লবা জেলগী লৈমায়দা।

৫ । ৭ । ৯৩

# মী

মী নঙসে
মী নত্তে
নৈর নৈরগা অমৃত ফংবগুম
নৈবিনবা মী লৈরবদি নঙগী
মী নঙ মী ওইরে।

৭।৮।৯৩

# আধিকার

করিগী লাওরিবনো নখোয় পোঙনা
নরল পূম্বা মুনবিগ্রে হায়না
করিগী কপলিবনো নঙনা
থাজবা মাঙহনবীরে হায়না
করিগী শাউরিবনো নঙনা
থোঙ থোঙনাউ ঙম্নমক লোনশিল্লগা
নঙনা ভাল্লিবা আধিকার অতুদি
মথোয়না পীগদবা নত্রে ;
মুপী৹ নশানা নশাবু লৌজগদবনি
নশানা নশাবু মশক খঙজগদবনি ।

৩ । ১১ । ৯৩

# শিন্নবা

ঐনা নুপী ওইনা পোক্লবত্নুনা
য়াম্না নুংশি ঐ ইশাশিবু
অত্তুগা নুপীশিংবু ।
পাপ কয়ানা তাশিন্দুনা
পোকই হায়নরবসু
অবাবা কয়াদ লংশিনবীত্নুনা
লাকই খন্নরবসু
অথিবা মীংচত্তা পীশিনবীত্নুনতা
লৈ ঙাংনরবসু
ঐদি নুংশি ঐবু অত্তুগা নুপীশিংবু
লৈগী লৈনা লৈগী লৈয়োল
হাইদোক হাইদোক্লগা
লৈগী লৈয়োম থেংনবগুম
লৈরমগনি লৈয়োমত্নুদা অকনবা,
অথোৎপা, অয়াকপা, অখুম্বা, অখাবা ;
অত্তুবু ঐনা কিরিবদি
ঐনা খাঙ্ডমদ্রিবদি
ঐবু খোয়শাউনহল্লিবদি
থম্মোয়বু থম্মোয়না মশক খঙদত্নুনা
শিন্নবত্নুনি লৈয়োলত্নু
মমা ওইরিবী মহাক্না
শকখঙদবা কনাদা ।

১৫ । ১১ । ৯৩

## লাঙ্গোল

মী ওইনা হিংগে হায়রবদি
অচুম্বা হায়বদা শাউগদবা লৈরবদি
মথক মখা ওন্থোক্লগা হায়য়ু
পূক্নিংগী বাফম ইতিং তিংনা
হায়বগী মহুত্তা
লাঙ্গোলগুম্না খোইয়ু।

১৬।১১।৯৩

# ইহনফমদা হল্লগে

ইমা,
নঙনা পোকপীরম্বদগী উজবনি ঐহাক্না
তাইবংগী ফজবা।
ঐবু য়োক্নুনা চাউহনবীরকপত্নুনা
খঙজবনি ঐঙোন্দা মীওইবগী নুংশিবা।
ঐবু ফজবা ফিরোল শেৎপীত্নুনা
নাওকোনবীরকপত্নুনা ফাওজবনি ঐঙোন্দা
অপাম্বগী লোইবা নাইদবা।
হৌজিক্তি খঙলে ঐবু থারক্লিবা
ঐ অমুক হননিংলে
মী ওইনা পোকনিংদ্রে
অঙানবা য়াওদবা অমম্বা মরকসিদা
ইখোঙ অসি ফুককৎপা ঙমদনা পুখরে।
ঐবু অমুক্তদি ফুককৎকে
মীনুংশি চাউবা নখোয় ময়াম
অমুক্তদি লাও অমুক্তদি চিংখৎলু
ইমিৎ অসিদা তন্দন পাইরক্লে
ফরে
নখোয় নোকউ
হৌনা হৌনা নোকউ
ঐগী ইতৌ উরগা
অপুম্বা মফমত্নুদা ফম্নগা
পুম্নম নম্নবা শরেংগুম
ঐদি ইহনফমদা হল্লগে।

৫।১২।৯৩

## প্রলয়

লৈগী নোংগী মহুত্তা
ঈগী নোং চুরে ।
অঈংবা নুংশিংকী মহুত্তা
অশাবা নুংশিংনা হুমলে ।
পলেমগী তম্পাক্তা হিপলিবা পারীনা
মমাবু য়াখুল তানা চিক্লে ।
ওনশিন ওনশিন্দুনা খংনরে
ওনশিন ওনশিন্দুনা য়াম্নরে
ফজেংকী লৈতেং লৈতরে
খাম্নবনা মরু লুক্লে
অউবনা ইকাইরে
করিনো মালেমসে লৈহৈদরে
ঐগী নুংশিবী মণিপুর
প্রলয়গী নুংশিং হৌরক্লে ।

৬ । ১২ । ৯৩

# খেন্নবা

অমোনবা খুৎ মচাহ্নুা
ঐগী মায়দা তপ্লি তপ্লি নানবীবহু
কয়াদ নুংশিবা কয়াদ নুংঙায়বা
ইচাগী অমোনবা খুৎনা
ইমায়দা তপ্পা তপ্পা নানবহু
চাউথোকচৈ পূক্লিংদা
মপোক কয়াগী পূন্যানি
শাগৎচৈ রাখলদা নুংঙায়বা কয়া
লাক্কদবা তুংগী ঈপোন্নবা কুমহৈ।
হিস! করিনো মসিদি
ঐগী মায়সি ঈ থোক্লেনা!
য়েংথোক্লবদা অরাংবী হৌদোংহ্নুা
মমিৎ তরু তরু পাংহ্নুা
ঐগী মায় তম্না লাম্লকই।
কদায়দা চৎখ্রে উতুপ্পো
মসিদা হেক্তা ফুরগা লোয়রে।

১৫।১২।৯৩

## দণ্ডী

করিগীনো শকখঙদবী নুপী নঙনা
থা তরা নাওপুত্না পোক্লিবা নচাবু হাংলিবদি ?
অসুক নুংশিবা অসুক তনৌ তনৌরিবা
অঙাং অসিবু হাংপা ঙম্বগী
থম্মোয়চেনবী মমা নঙবু
ঙসিদি মীহাৎপগী দণ্ডী পীবা তাই।
হৌগৎলু ফমথত্না কান্নরোই
তৌশিন্নবা নঙগী ৱাকৎ তারোই।
ঐ ৱাকৎচরোই অঙম্বা
দণ্ডীদু হরাওনা লৌজগে
অদুবু,
দণ্ডী পীদ্রিঙৈগী মমাংদা
ইচা হাৎপগী ৱারীদুতদি তাবিখো;
মপুরোইবগী মমাংমক্তদা মাগী নুপীবু
ওক্ত লিচৎ চৎহনিংবা
কনা লৈরমগনি মালেমদা।
ইমাংমক্তদা তমথি মীচৈগা লোয়নন্না
তিল্লাইখোম্বী তাবগুম তানা হাংখিবা
চোরফোন মচুগী উনাশিংদুবু
মনা চাউনা পীদুনা ইকাইখুম্নখিবা
মপুরোইবা শেৎনরবী নুপীদুনা

শম্মাং ফানা কপখিবা
কনাদি লৈরি তাবিনবা ।
লিচৎতুদা লিক্লৈ ফিয়ানখিবা
ইচাহুবু করি থোইনা নুংশিদোইবা
নীংশিং মমি শামদরি
ঈগী ঈচেলদা পূন্সি খমখিবা শক্তমতু
ইবুকথোক্কী ইচা ওইরবস্ত্র
মীকুপ্পগী মীরান'চা ওইখিবতুনা
মহুৎ শিনবা ঙমগদরা ?
অতুননি এৈনা থৌনাফনা লমন শিংলিবা
চৎশি, চৎলশি হৌজিক্তি
পল্লোন তরেৎ খাজিল্লবা জেলগী লৈমায়তুদা
পূন্সি অসে ঈংনা হিপ্পুনবা ।

৩ । ২ । ৯৪

# ঐ তুমদুনা লেল্লগে

ঐ ফমতুনা লৈরগে
ঐ তুমতুনা লেল্লগে।
লাকপদা করিসু পুরক্লে
হনখিবদা করিসু পুরোই
হিংবদা তল্লবা ঐনা
করিগী যুম ৱাংখৎলুদগে।
অমনা হায়বা অমনা তাদ্রবা লমসিদা
করিগী ভাষন পীরুদগে
অশিবগী পাউনা অতিয়া তন্না ৱাংখৎলবদা
অনৌবা করি পাউযু লৈরিবগে
লাইগী দুত ফাওবা
নোংমৈ মখোলদা চেল্লে।
অশি লৈবাক অচঙ লৈবাক
চপ মান্নরে অমনা অমবু ওন্নদরে।
লাইগা লাইগা নন্নবদা
মনাক্তা লৈবা কাংবুদি
লেপ্না লেপ্না তুরে
চৎনা চৎনা মখোঙ য়াওদ্রে
লাই চেপ্পে লাই তুরে
লাইনাও ময়াম থোরক্লে
পৃথ্বি খোংবাল পীক থল্লে
ঙাচক চারে হঙোই ওল্লে

হৌবোই মশেল চিক্লরে
লিলনা চারে হৌবোই তুম্মে
পৃশ্নম মম্মে পৃথিবী,
পৃথিবী মচেৎ কেল্লে।
করি তৌরুনি ঐনা
ঐ ফমত্নুনা নৈরগে
ঐ তুমত্নুনা লেল্লগে।

১৬।২।৯৪

## নাম শোনবা

ঈশ্বরগী নাম শোনবশিং
শ্রার্দ্ধ খুদিংগী য়েৎনৈ
পরুরান মফম পীদবগী
পুংয়ৈবনা পালা পুরকই
য়ুম্মুগা নাম শোনবগা
মুরুম মুরুম শোন্নৈ
চৈ লাংদি য়াওদে
খঙদবনা ইঙক ঙকই
অউবনা ময়া কাই
অখঙবনা মরু লুকই।

১৭।২।৯৪

## ইশাগী ইমি

মোমোন নোকই লুপীহনা
মশাগী মমিহু য়েংজরহনা
থেৎলিবা শকয়েং মীংশেলহুদা ।
অহুবু অসুম অসুম য়েংশিল য়েংশিল্লুরগদি
মা কিরক্লে তশেঙনা কিরক্লে !
মশাগী মমিহু মা মাল্লমদরে
মীৎ য়াওরমদরে না য়াওরমদরে
চিনবান নাতোনসু য়াওরমদরে
করিমত্তা পাল্লমদরে ।
নত্তে মসিদি ঐ,
নত্তে মসিদি ঐ,
নত্তে মসিদি
নত্তে মসিদি
ঐ ইশাগী ইমি
ঐ ইশাগী ইমি ।

১৭ । ৩ । ৯৪

# লোনশিল্লবা থোঙ

থাজহুনা লাকখি ৱারীশিংহু
তিনখি হকচাংসিন্থু ৱারীহুগী ঈচেলদা
থৌনাফবা মপুরোইবা নীংবা কয়াগী
মহুমক্তা ঙসিদি ইখোঙ অসি পুন্সিনবীহুনা
ইখুৎ অসিবুসু ফাজিনবিহুনা
করিসু তৌজবা ঙমহনদ্রে
বা ঙাংজবগী আধিকার ফাওবা
মুন্দুনা পুবিরে চৎচবা ঙমহন্দ্রে।
ঐনা নঙবু খুরুমহুনা
লৈ হুকখিবা লিপুন্দু
অহুক অর্থ লৈতনা লৌরগদি
করি লিপুল ওইগদগে ?
নঙবু লাইনি হায়না লাৎচবা
ঐদি ঙমজরোই।
নঙসু মীনি ঐসু মীনি
অমনা অমবু মতেং পাংনগদবা
পুন্সিগী মরুপ্নী।
খুয়াগী উফুল ওইনা লৌরগদি
করম্না উগদগে অশেংবা মশক্তু
খুরুম্বগী মুক্তিহু থাদোক্তুনা ঙসিদি
থৌনাফনা চোংথোকপা তাই !
মচু মচুগী কুমহৈদা ইশা অসি য়াওজনবা

মরোল মরোল নাইনা
পুন্সিল্লবস্থ হকচাং অসি
ইচাগী লিপুন্না।
ফাজিন্দুনা থম্মীগনু ঐবু
থোরকহল্লু থোঙজাও অসি হাংতুনা
করিগুম্বা খিঙতুনা থম্মবদি হঞ্জিল হঞ্জিল
নমথায়তুনা চৎলগনি ঙসিদি
নংগী মরোল তরেৎ লোল্লবা
থোঙজাও অসে হাংতুনা।

১৮।৩।৯৪

## নুপী

ঐগী ইখোঙ থুদেকপীরগা
ইখুৎ অসিবুনা পুনশিনবীরগা
হুঞ্জেকপীরম্মী ঐবু
মী তাদবা শা-কৈগী মকোলদা
থোকপীরে ঐবু শা অমনা
পুল্লিবা পুবহু
শিজবনা ফরে
হুন্দোকপীরম্মবনি ইপুরোইবনা শিজখিনবা
ইমিৎ অসিসু তাংহনবীরম্মবনি
অদুবু শিড্রিডৈসিদা অমুক্তদি ইরমগে
অঙৌবা চেবাংহুদা
ঐ নুপীনি।

৭।৬।৯৪

পিগী ব্লারী /৬০

# পিগী ৱারী

ৱারৌরম্মী ইমা ঙমখৈ লৈতনা নঙবু
মচু মচুগী কুমহৈদা ঐবু য়াওহনবীদবগী
পূক্লিংগী পামজবা অমত্তা খোয়দানা পীবিদবগী
ৱারৌরম্মী ইমা ঙমখৈ লৈতনা নংবু।
নঙগী মীচৈদা খা চিকখি
নঙগী মীৎয়েংদা খোয়শাউনখি
নঙগী চৈফুদা শিনিংলকখি
অদুবু কুইরবগী তুংদা খঙলকখি
তপ্পা তপ্পা য়াম্না তপ্পা
নঙগী হকচাংনা মালেমদা তিনথ্রবদা।
নঙগী মীচৈদা থৌজাল য়াওখি
নঙগী মীৎয়েংদা ঈরা চেনখি
নঙগী চৈফুদা মায়থোঙ লাঙশিনখি
ঙসিদি হেন্না হেন্না নীংশিংলক্লি ইমা
ঙরাংগী নচানা ঙসিগী মমা ওইরক্লবদা।
মমাগী থম্মোয়দা ফাওরক্লিবা
অৱাবা মপৈ মপৈ
চাউননবা হোৎনরকপদা
মপুংফাবা মী অমা ওইননবা শেম্লকপদা
ৱারকথিবা নোংজু নুংশা মরক্তা
ৱাখলনা ৱাখলদা পোখাবা ফংদনা।

*অহুগা করিগী নৈহৎপীরি থম্মোয় মচেৎ তানা*
পিগী ঈচেল কংদনবা মমাগী থম্মোয়দা
ঐখোয় মশেলগী ঈনা ঈখোঙ চেলহন্দুনা
মৈফম মুৎলবী মমা কয়াবু
মৈগী কুন্দদা নম নমতুনা চোঙথহনবীরিবা।
লৈহৈরিবরা মালেমসিবু
তাহৈরিবরা তাইবঙসিগী খোঙ্জেলবু
খোঙ্জেলসিগীদমক্তা লিক্লু কেনখিদনবা
চহি কয়া চেকশিন্না অত্তা মৈশা খাঙলক্লিবা
ওহ ! অমুক হন্না লাক্লরোই
মশক্তো অমুক উররোই
নীংশিং মৈরি নত্তনা
থম্মোয় লকাদ নৈরিবা।
করি কান্নৈ
করিবু কান্নরি থৌনাফবা
হাৎপা নত্তবা দণ্ডীবু
অনীশুনা লৈতবরা ?
চাদা নাওদা থন্নবা
পিগী রারী মুৎনবা।

২৬।৮।৯৫

## ঈশ্বর

নঙনদি হায়রি ঈশ্বর লৈতে
মালেমগী অরাবা কোকহনবীদে
তানা তানা তাশিন্নদে
ঈশ্বর হায়বমুক লৈতে
নঙবু শোল্লুহুনা কান্নদ্রে।
করন্না করম্বা তাঞ্জাদা
নঙনা হুই ওইরুবনো
নঙনা নোংশা ওইরুবনো
অদুদি থম্মী লোৎশিন্দুনা লোন্না
কনা খঙহন্নীংদে অমম্বগী ৱারী
অদুবু হায়রকপদদি শেংবদগী শেংলবা গঙ্গাজলনগুম
ঈশ্বর লৈতে
নঙনা অরাবা কোকহনবীদে
নঙনা অরানবা থিংদে
নঙগী নমিং অমমুক লৈতে
অদুবু
লেঙদনা লৈরিবদি মানা
মাবু কাউবা ঙমদ্রিবদি
থম্মোয় পীবা মঙোন্দনি
থবায় লাম্থোকপা মফমদনি।

২০। ৯। ৯৪

# রুমাল পায়দুনা ঙাইরিবা

মী
থৌজাল হৈ নখোয়সি
মীনুংশি চাউই থম্মোয় থোংলি
উপায় লৈতবী নুপীদুনা
ভিক্ষারিগুম চেনশিল্লকখিবদু
মীৎ খুদিংমক্না উহৌই
অদুবু কনাগী অত্তাইনো ?
মীৎয়েং লৈথোক্লখি
গতি লৈত্রবী নুপীদু
চংখি অপূম্বগী লৈবাক্তা
শিবা ঙমদবগী মহাও অমা পুরদুনা
হিংননবা হোৎনরকখি
হিংলকখি অনীশুবা রাণী ওইনা
মশানা মশাবু য়োন য়োন্দুনা
মমল তিক্ল তিক্লদুনা
হিংখি অমম্বা লৈবাক্তুদা ;
হৌজিক্তি মা হৈনরে
হিংবগী মমল লৈরে
মাগী ফিদা ফংলে
মসিগী নত্রা
হে মতম অমদা তাখিবা মীৎকী পি
তৈথোকপীনিংঙাই লৈখিদবা
অদুগা হৌজিক্না করিগী
খুৎ লিশিং লিশিংনা
রুমাল পায়দুনা ঙাইরিবা।

২১।৯।৯৪

# অয়েকপা লাই

নঙনা পীরম্বা অয়েকপা লাইতুনি
উনারক্তা পি শিন্থনা কপ্লীবা
ঐগী কাগী ফক্লাংদা।
চঙলকপা খুদিংমক্তা হায়
অকপ্পা লাইসি লৌথোকউ
করিগী থেংলিপি তাবা লাইসি।
নংনদি হায়রম্মী পীরম্বা মুমিত্তংদা
কপ্লীবসি ঐনি হায়না খল্লু
নঙগী দমক্তনি পুন্সিচুম্পা পি শিন্থরিবা।
লৌথোকখিদে ঐনা
থেংলি ঙসিস্ত মহৌশাগুম
ঐগী কাদা পি শিন্থরতুনা
অতৎপা লৈতনা শিন্থরিবা
লাইতুগী শক্তমতু য়েংল য়েংলগা
মাগী মীৎকী পিতু উর উরগা
খঙলক্লে ঐনা
শিন্থরিবা মাগী মীৎকী পিতু
চুন্নগী পি নত্তে
অঙাংবা ঈথেঙনি
পুন্সিবু মশক তাক্লি
ধ্রুবতারানি আতিয়াগী।

২৫।৯।৯৪

# ঐগী নুংশিবী মণিপুর

ঐগী নুংশিবী মণিপুর
ঈগী তুরেল চেল্লে
শাগী-ঙাগী মকোল ওইরক্লে।
মণি-মুক্তাগী লমদম ওইরম্বা
স্না লৈবাক মণিপুর
কাক্কী লমদম ওইরক্লে
তাইহেনবা তারক্লে উইহেনবা উরক্লে
মচিন মৌপা খঙনদ্রে
মমাগা মপাগা লম্নান্নরে
ঐগী নুংশিবী মণিপুর
ঈগী তুরেল চেল্লে।

য়েংহৈবা লৈবাক ওইদরে
লিকোলগী য়ারী লোইখরে
থাবল মঙালগী থাবলচোংবী হেৌখরে
সতি খোঙনাংগী য়ারী থমখরে
লমফেলগী য়ারী চাউরক্লে
নারক্কী অঙাং কপ্লক্লে
অরানবনা ফোংলক্লে
নুংস্থু পানস্থু মান্নরে
ইকাই ইকি লৈনদ্রে
তাংজবগী ফজবা নীংথিজবা
ফিজেৎ লৈতেং লৈতরে

মীসু লাইসু মান্নরে।
ঐগী নুংশিবী মণিপুর
নঙবু করম খাঙলিবগে
মীরক তিনবা ওন্নীবরা ?
মীপান তাংবা তারিবরা ?
হিক্রা হিক্রা কল্লিবরা ?
হরাও মোমোন নোক্লিবরা ?
ঐগী নুংশিবী মণিপুর
ঐগী নুংশিবী মণিপুর।

২৭।৯।৯৪

# সাবিত্রী ব্রত

ঙসিদি সাবিত্রী ব্রত পূজানি
পুজাগী পোৎলম লাঙই নুপীভুনা
মপুরোইববু পূন্সি নুংশাংনবা
সাবিত্রীনা সত্যবানগী পূন্সি কনখিবগুম্ব
য়ু থকপগী জূম্বার শান্নবগী
য়ুমদা হুঙ্জিল্লক্কবা মশিং তোইবগী
ফুন চৈনবতু লেপ্পী নুমিৎসিমদি
ব্রত তৌমিন্নৈ অনীমক
চিন্দা করিগুম্বা অমত্তা তাদনা
লিংজেল মান্নৈ ঙসিদি
মী মাল্লি ঙসিদি
চহি অমা নুংশিননবা
চহি অমা খৎনদনবা
লেম্না মাঙবা য়াদবা
মগুন লৈবা পূজানি
তৌদবা য়াদবা পূজানি
সাবিত্রী ব্রত পূজানি ।

২৯ । ৯ । ৯৪

## শম্নদ্রবা

নঙসে মী মাল্লক্তে,
নঙগী নকোক অতুস্থু
অস্থুম অস্থুম য়াওরক্তে
নঙসে ঐঙোন্দা অর্থ লৈরক্তে,
ঐস্থু নঙোন্দা অর্থ লৈরক্তে,
মরি তৎলমাল্লে নঙগী ঐগী
শমজিন্নবা ইয়া য়াদনা
নঙনস্থু চৎপ্রো তাল্লে
ঐনস্থু খোঙ থাঙদোক্লে
করিগুম্বা নঙগা কায়নহুনা
অমুক লুহোঙবা তারবদি
ঐদি লৈ চাইহুনা কোইররোই
হেক্তা ফম্নগা হুক্করনি।
য়ান্না চোকথরে ইখোঙ অসে
অমুক চৎপা ঙম্নরোই
শম্নদ্রবা লম্বেলহুন্দা।

২৯।৯।৯৪

## চিন্দদা শ্লোক থিবা

মাইক্রোফোন মনাক্তদা লাউবা
ভাষনতুনা করিবু পীরি
চেদদা তাবা য়ারেপ্তুনা
করিবু কান্নরি
চিন্দদা ইজ্জৎ কনবিবা
থম্মোয়তুনা করিবু য়োকখৎপীরি
তৌবা য়াবা তৌরুরগা
শোকপা য়াবা শোক্রুরগা
মীৎতা উফুল চাইশিল্লগা
থৌনাফবা শক্কেরা
মীয়ুংশি চাউবনি তাক্কেরা
পূন্সিবু ফাগী তাহল্লিবদি
থম্মোয় মশক থঙদবা
নখোয়তনা থোকহনবনি।

৩০।১১।৯৪

পিগী য়ারী /৭০

# শুম চারবা উখোঙ

তেক কায়রবা য়ুমসিগী
উখোংশিং অসি ঙম্নমক
ইহো হোজিল্লক্লে
হোদবা চুমথ্রিং চুম্বা
য়ুম্বী মখোং অমত্তবু য়াওরক্তে
নোংমা নোংমগী শুম্না চাশিল্লকপনা
য়ুম্বীমখোংশিং অসি
উক্রোং অহোবহ্নু ঙাইরক্লে।
কৈদৌঙৈ শুম্না চাবা লোয়হনা
তেকথরক্কদৌরিবনো য়ুমসিবো
খঙদে মুমিৎতুমদি
অদুবু শোয়দি শোয়দ্রে তেকথরকপা
নোংমদি খঙহৌদনা।
চৎলিবসিস্থু খঙহৌদনা
হায়রম্বা তাক্লম্বা তৌরমদনা
চৎনা চৎনা শ্বর লেপথিবদা
করি উপায় লৈরিবগে
পাম্মুই শোন্নবা নত্তনা।
মতমসিদবু, তাঙ্গাসিদবু
নঙস্থু অম্মানি শুম চারবা
হোরবা মফুৎ মফুৎলবা উখোঙগুম্বনি
অদুবু খঙদ্রি মুমিত্তমদি
উখোঙনা তেক্লুনা তুরগদবা য়ুমহু।

১৪।২।৯৫

# লাইনা হায়বা

ঙাথেনপোৎ কৎপীয়ু হায়জদে
পৈশা কৎপীয়ু নীজদে
খুরুমবিদবা য়াদে দণ্ডী পাঞ্জদে
কাং চিংবিয়ু নেকচদে
আর্তি হাইবীয়ু ৱাকৎচদে
কৃষ্ণজন্ম, রাধাজন্ম ।
দুর্গা পুজা, শিব পুজা, সরস্বতি পুজা
তৌদ য়াদে কোইরাও লাওজদে ।
বারুনি, কৌব্রু, থাংজিং
কাদ য়াদে হায়জদে
অদুগবু
নখোয়না ঐঙোন্দা তৌবিরিবা
সমালোচনা ময়ামসিদি
খাঙবা ঙম্বু ঙমজদে
অদুমকপু ইচিল অসি কাংদুনা
ৱাহৈ অমত্তফাও হায়জদে ।
পীজরস্থু পীজদ্রবস্থু তুমিন্নতা লৈজবনি
অদুবু,
পীবিরিবা মীংথোল ময়ামসিদি
অথি অথিবা তাবদা তুজংবা
খংপ্রেক খংবা অকামপেং ফাওবা ।
ঈশিংদবু লংথবিরবস্থু

শিল্পী ৱারী /৭২

খোঙপাক্লবু কাওরবস্থ
কোমায় ফাওবা ফক্তোকপীরবস্থ
করিস্থ হায়জদে তুমিন্নতা লৈজবনি
অন্নাবস্থ নুংঙায়বস্থ ইথন্নতা খাংজবনি
নখোয় তাইবং মীদোনা
মীনাংদা অমা ইতুংদা অমা
লোনচৎ কারন্নবতুদি
রাঙাংদবা ঐখোয়দি তৌজদে
নোংমৈনবু কাপ্পীরবস্থ
বোম্নবু থাবিরবস্থ
অমনা তৌরগা অমদা থঙজিনবতুদি
তৌজদে লাই ঐখোয়দি
অথেনপোৎ কৎপীয়ু হায়জদে
পৈশা কৎপীয়ু নীজদে ।

১৫ । ২ । ৯৫

# নম্বুল তুরেল

হকচাংসে নোংমা নোংমগী শোঙ্গিল্লরক্নে
অশেংবা নুংশিত্তা নোংমতস্থু
শ্বর হেন্নবা ফংজদ্রে
নোংমতস্থু ইশা অসে
অরুবা ঈশিংনা ইরুজবা ফংজদ্রে
মোৎপনা কনানস্থু ইনাক্তা চঙনীংদ্রে ?
কনামত্তনা ঙসি ফাওবদা
অফবা রা অমত্তস্থু হায়রক্তি,
সুপ্নগী মোৎখ্রেদকো নঙসে
তুকচ্চৈদকো নঙসে হায়বীবা নত্তনা ।
জগৎকী মী অমত্তনা
ঐবু অমুক্তা ওইরবস্থু
তরু তরুহনবা ঙম্লরোইদ্রা ?
কনানদি ঐবু ফজে, নুংশি হায়বীরনি
ইহকচাং ওইনা চেল্লিবা
ঈশিংগী ঈচেলসিদা
অমাংকোম তৌহুনা মাংশিনবীরে,
অমোৎ অকায় লেপ্তনা হৈথৈ
অমত্তনা নত্তে খুৎ লিশিং লিশিংননি
অত্তুগা পুখি লায়না চেল্লবা ইহকচাংসিনা
হিদেন অমদগী হিদেন অমদা
থম্মী ইশাদা য়াওরকপা মহিকশিংহু

মফম খুদিং থুডনা।
অতুগা থৌনা ফনা লাওরি
মীওইববু লাইয়েংলিবা নখোয়না
মীকুপ কাওদনা,
লু-নান্না লৈয়ু
অফবা ঈশিং শিজিন্নৌ
অমাংকোম ফজনা তৌ;
অতুগা কন্দায়
সহর ময়োলসিমক্তদা
নম্বুল ঐগী ইহুকচাংসিদা
নখোয়না হৈথরিবা
অপুম অশা ময়ামসিদি
উদবা কনাবু য়াওবগে
খওদবা কনাবু য়াওবগে ?
চেদ্তা ইবা চিন্দতা ডাংবতুনা
ডসি ফাওবদা করিবু পুরক্লবগে ?
থরায় মীরেল তাদ্রবা
অঙাং অহল কয়ানা
হীপ্লেনে লায়না চেল্লবা ইতম্বাকসিদা
মীকুপ্তদদি পুমনীল নীল্লি; পুম্নাং লাংই
অতুগা,
মথং নোংঙানবা অয়ুক্তদি
ওরাংগী লাংলম্বা ময়ামতু
পুমচীক হেক্তা চীকখি;
অতুদগী অসুম অসুম কাউরকখি

মখল মখলগী কুমহৈ
উত্নতা লাক্লবনি ইমিৎ অসিনা
ঙসিদি রারবা মহীক চেল্লবা
ইহকটাংসে অমুক্তং তরুহনবীরবদি
হে মীওইবা নখোয়সে
মতম চুপ্পদা অমর ওইরনি ।

৮।৩।৯৫

## চাংয়েং

থৌনা ফবা,
নঙনা পুন্সিবু করিস্ত ওইদনা খল্লি
নঙক্তা শিরিবা নোংমৈ মরু মরুশিংতুনা,
নঙগী খৃত্তা কয়া তুমখ্রে
মরম করিস্থ হায়দনা,
ঙায়খিবনি পাউখুম
অহৌংবা কয়া কয়ানা
অদুবু চৎখি পাউখুমদুদি
নুমিৎনা অমুক তারক্লগা
নুমিদাং ওইরকপগুম।
অহাঙবা অতিয়াদা তিল্লগতা তোকখিবা
ঙসিদি পাঙদবা ঐস্থু তোক্লরোই
লেম্না খক নৈররোই
পায়নরসি খুৎলায় অমমম,
য়েংনরসি লাইবক চাংয়েং
কনানা লানঙম ফিরাল থেৎপা
কনানা মাইথিবা
অচুম্বগী থম্মোয়স্থু
অরানবগী থম্মোয়স্থু
চপ মান্নরবা মালেমসিদা
শেম শারো নখোয়স্থু

মীকপ থোক্লো তুম্মীবশিং নখোয়স্থু
ঙেংনরসি চাংয়েং
অনৌবা চাংয়েং
পুন্সিগী চাংয়েং।

১৩।৩।৯৫

## য়ারেপ

লোনশিল্লগে থোঙসে
পূন্সিগী ওইনা নফমদগী,
করি অমুক পাম্লীবগে
অপাম্বা লৈত্রে হায়দুনা
থাদোক্লুনা চৎথ্রবা নহাক্না
ঙসি করিগী
নঙগী য়ারবা মীকূপ্তা
ঐবু নীংশিংবীরক্লুনা
ভিক্ষারিগুম চঙলক্লিবা ?
মীৎকী পিগা লোয়ননা
ইশাগী ঈরিকশিংনা
কংশিল্লবা ফাওবদা
হন্না মিৎয়েংলকখিদ্রবা
মুংঙাইবা ঈপাক্তা তাওমিন্নহনা
লৈমিন্নথ্রবা মফমত্তুদগী
অমুক শেত্তোরক্লুনা
য়ারবা মীকূপ্তা করিগী
ইফমদা হন্না হন্না চঙলক্লিবা ;
ঙসিদি নহাক অসে
পুন্সিগী মরুপ ওইরবসু
দেবতাবু ওইরবসু
করিসু থোক্লদ্রে ঐহাক্কা ;

ইশাতগী পাঙ্গলতনা
হোৎনহুনা শেমজররক্রবা
মখোঙ শোমজরক্লবা,
লৈরাং চার কয়ানা
লৈশাৎ তম্লক্রবদা
পাম্বী মচা কয়ানা
উহৈ পাল্লক্রবদা
করিগী কল্লক্তুনা চংলক্লি
নঙগী ফমফম লৈত্রবা
লৈফম লৈত্রবা মফমসিদা ।
চৎলো নঙবু ঐনা
ফমফম পীবা ঙম্লোইদৌরি
নঙগী নফমদদি ঐগী
খোঙ খোঙনাও ঙম্নমকসে
পূন্সি চুপ্পগী ওইনা লোনশিল্লবনি ।

১৩ । ৩ । ৯৫

# অমম্বা অমসুং অঙানবা

হেক্তা কাউথোকই অঙানবা নঙবু
নোংমতবু নীংশিংলুদে রাখলসিনা,
অমম্বা লোক্লুংসিদা লৈবনা
হেন্না হেন্না মুংঙাইরকই ।
ইশাদা চৈনা ফাওরক্লবা মতমদদি
অঙানবা নঙগী নঙালসে লংখ্রেদকো
ইশাসে নঙগী নহকচাংদা
হেক্তা তিন্নীংলকই ।
অদুগা,
মীকুপ্পা অঙানবা নঙগী হকচাংগা
ঐগী হকচাংগা অমত্তা ওইনীংলকই,
অমত্তা ওইনা তিন্নীংলকই
অদুবু,
ইশাদগী চৈনা কোকথ্রবা মতমদদি
অঙানবা নঙসে তপ্পা তপ্পা
থম্মোয়দগী মমি শামখি
তপ্পা তপ্পা অসুম চৎখি
অদুদগী,
ঐগী হকচাংনা অমম্বদা
অসুম অসুম চঙশিল্লকই ;
মমৈথংদদি অমম্বদা অসুম্মক তিনখি
নঙনা নঙ ওইখি

ঐনা ঐ ওইখি

অতুদগী লৈখি ঐনা ঐগী

ইচা-ইশু, শাগৈ-নাতৈ

চৎনবী সমাজগী মরক্তুদা

হৈনখি কল্লক কঞ্জাওবগী

তাৎ-পাৎকী মাইখুম উৎল-উৎলদুনা ।

১৬ । ৩ । ৯৫

# পাড়া অমা

লাইয়েংশঙদনি,
অনাবা ময়াম ঙায়নরি
ন্নারীস্থ মথং মথং শান্নরি,
খঙহৌদনা চঙলকই মুপী অমা
লৈরম্লীবা ময়ামত্তুদা
অমুক্তং য়েংলকই মীৎকুপ্তুনা ;
অত্তুদগী চৎখি খোঙলৈ থুনা
অনা লায়েংশঙত্তুদগী।
কনামত্তনা মাবু খাম্বা নংহৌদে
তঙক তঙক য়েংনহৌই।
খঙহৌদে লায়েংশঙগী কাত্তুদগী
নোংমৈ মখোল তারকখি,
মুপীদু মোঙ হাদনা থোরকখি
খাম্বা নংহৌদনা চৎখি
মশক উখিদে মীৎয়েংদগী তামখি।
ময়াম হোৎচিন্নখি লায়েংশঙত্তুদা
ডাক্তরদু নোংমৈনা কাপ্লম্মী
ঈনা পুমঙাং ঙাংনা
লৈমায়দা তুরত্তুনা ;
টেবলদা চেজেৎ অমা লৈরম্মী
শুপ্লখক্কী ন্নাহৈ পরেং অহুমতমক
"ডাক্তরনা অনা লায়েংবদা
নত্ত লিচৎ তম্বীবগী
নঙোন্দস্থ তম্বীবনি অনৌবা পাড়া অমা।"

১৯।৩।৯৫

# আত্মা

ঐনা নঙবু আত্মা ওইনা উরে
ঈগী খেন্নবা লৈতবগুম
ঐনা নঙবু ঐ ওইনা উরে
নুপা নুপীগী খেন্নবদু য়াওদনা ;
নঙসে ঐগী মরুপ্পী
উরিবা মীৎয়েংসিদদি খেন্নরিবা তাইবঙগী
ঈগী মঙং লৈতে,
খায়দে মঙোন্দা লাইর ইনাকখুনবা
লৈতে মঙোন্দা নুপা নুপীগী খেন্নবা
চপ মান্নে মাসু আত্মগুম
মশক মঙং লৈতে ;
অদু ওইরবদি লৈররোই নঙোন্দসু
লৈররোই ঐঙোন্দসু
অশাবা ঈগী খোৌরাংবদু,
খোৌরাংবসিনা মীনা মীবু
মীকুপ্পা শা ওলহল্লিবা !
ঐনা নঙবু আত্মা ওইনা উরবদি
ঈগী খেন্নবা লৈতবগুম,
রাখলসে ঈশিং ঈরেলগুম্মনি
পূন্নমক পুমইং ইংলনি।
ঐসে মরুপ্পী নঙগী
নঙসে মরুপ্পা ঐগী
পূন্নমকসি আত্মানি।
ঐসে পুন্নমকী অত্মানি।

২৫। ৩। ৯৫



---

## ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনীগী হান্না ফোঙখ্রবা লাইরিকশিং ঃ

১। মাঙখ্রবা ঈশৈগী সুর ( শৈরেং ) ১৯৭৫

২। লাইবক ( উপন্যাস ) ১৯৭৮

৩। নহাকপু ঐগী কনানো ( ৱারীমচা ) ১৯৮২

৪। মুংগী চিনবাল ( ৱারীমচা ) ১৯৮৭

৫। পৃথিবীগী ফুঙ্গা ৱারী থরা ( হন্দোকপা ) ১৯৯৪
( ক্ষেত্রিময়ুম সুবদনী অমসুং লৌরেম্বম ইন্দিরা )